থুগাইনবা শিন্নখি। পার্টি অনি অসিনা লাকপা অসি এপ্রিল ২০ গী নোংমাইদনি। কাংবু অসি অসিনা থুংলবা মতম দদি পলেল ককচিং অমসুং লাংঙা-খেল হান্নরবা খুল অহুম অসি মথং মথং ওইনা বৃটিশনা পায়খ্রে।

(৪) য়াংখৈ মৈরাবানা ককচিংদা থুংলাদ্রিঙৈদা বৃটিশকী লান্মীনা ককচিংদা হান্নানা থুগ্নুনা লৈরমদগী য়াংখৈ মৈরাবগী তেঙ্গোলনা ককচিংদা থুংলবা মতমদা বৃটিশকী লান্মীগা মণিপুরগী লান্মীগা অকনবা লাল শোক্লখি। লানময় অসি এপ্রিলগী তাং ২৩ দনি। ককচিংগী মচীন মনাও চীংদা য়াংখৈ মৈরাবাগা কোম্লনা মৈতৈ লান্মী খবা শিখি খরনা চেনখি। তা ২৫ দা মণিপুরদা থোইদোক্না লুচিংবা শাংখৈ মৈরাবা (পোইলা) ককচিংদা অয়োইবা য়াহিপ তানখি।
তাং ২০ দা পাঙনা অমসুং মিয়া অনিনা পলেল য়োনবা খোঙাল দগী শাকপদা লাঙথেলদি বৃটিশকী লান্মীনা হান্নানা লৈরমবনা লাঙথেল চীংদগী খরা লাপ্না লম্বীগী নোংচুপ্তা খোংজোম তুরেলগী তোর্বানদা তেঙ্গোল শান্নখি। মফম আমদগী মৈতৈ তেঙ্গোল কাংবু অমনা লাংঙথেলগী চীংগী মতোল হুইখরকপা তেনৌবা চী জেলগী অরাং পাংলপ তোনা লৈবা খেবা চীংদা মৈতৈগী তেঙ্গোল অমসু থোইদোক্তুনা লৈরম্মী। আসাম তৌদুনা বৃটিশকী তেঙ্গোলনা ইম্ফাল লোমদা চংশিনখিবা য়াদননা খুল নং ১৩৩ য়াংজংগী মনু চম্রা লৈবা খেবা চীংদা মৈতৈগী তেঙ্গোল কাংবু অমসু লৈরম্মী। খোংজোমদা লৈরিবা তেঙ্গোল অসিগী লুচিংবনা মেজর চোংথা মিয়ানি। ব্রম্মারোডকী নোংচুপথং খোংজোম খুম্না খোংজোম তুরেলগী তোরবান্দা শান্নিবা লানবন অসিদগী চীংখৈ পাংনা ব্রম্মারোডকী নোংপোক্তা খেবা চীংদা শান্নিবা অসিগা লাপনবগ্র মাইল ১ য়োমনি। (৫)

লাংঙথেলগী চীংদা শান্নিবা বৃটিশকী লানমনগা মৈতৈগী খোংজোমদা শান্নিবা লানবনগা লাপনবসি গজ ১,০০০নি। এপ্রিলগী তাং ২১ দা তুমু তেঙ্গোলগী মরুওইবা, লান্মীশিং অদু তুমুদা, পৈখি। অদুগা এপ্রিলগী তাং ২৩ দা তুমু থাদোক্তুনা মনিপুরদা চংশিনখ্রে। তুমু তেঙ্গোলগী য়াওরকপা থুংলাই তোপ ৪. লান্মী ১,৮০০নি। জেনরেল গ্রাহমনা তুমুদা এপ্রিলগী তাং ২০ দা থুংখি। অদুগা এপ্রিলগী তাং ২৪ দা মেজর লেসলী না খোঙাল লম্বীগী নাকললা মনিপুরী সিফাই লিশিং ৩,০০০ লানবন শাক্তুনা লৈরে হায়না রিপোর্ট পীরকখি। মেজর লেসলী গী পাউ অসি জেনরেল গ্রাহমনা তেংনোপলদা লৈবা মতমদা এপ্রিলগী তাং ২৪ দা ফংখি। পাউ অসি হেক ফংবগা জেনরেল গ্রাহমনা মহাক্না থুংলাদ্রিবা ফাওবা লাক্লাদুনা কোয়াশিন্দুনা লৈরক্লবা য়াথং পিরকখী অদুবু ফিভম অমসুং তাক্লানা য়াথিদবদগী মহাক য়োর্বাক্নগৈদা লাল য়াংজংদা খেবা চীংদা লৈবা মৈতৈ লান্মীগা কাপ্নবা হৌখি। এপ্রিল গী তাং ২৪ দা জেনরেল গ্রাহমগা লোযননা লান্মী তেঙ্গোল খরা পলেলদা থুংলৈ। ২-৪শুবা গুরখা রেজিমেন্টগী লাঙ্গাবগী মকোকনা কেপ্ট, দুরি না ওই। কেপ্ট, দুরি না পলেলগী অরাংদা মাইল ৭ লোম চংলগা মণিপুরিশিংনা লৈরিবা লানবন অদু মহাককী লান্মীনা শোয়াশিল্লে, মণিপুরীশিংনা নানখোকপা অমত্তা তন্নরোই লানবনদগী মণিপুরীশিংবু তানখোক্লবগী য়াথং পীবিনবা হায়জরকখি।
কেপ্টেন দুরিগীদি ২-৪শুবা গরখা রেজিমেন্টকী সিফাই ১০০, ১২শুবা বরমা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রি সিফাই ৫০, ১২শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী শগোল-তোংবা লান্মী ৪৪ শকমক লৈ। (৬) মরম অদুনা জেনরেল গ্রাহমনা মণিপুরীশিংগী মাইয়োক্তা পায়খৎ-কদৌরিবা থবক মতিক চাদে হায়না লৌরম্মী।

অদুনা নং ২ মাউনটেন বেত্তারী থাজিনগে থক্লখী ।

অমরোমদসু কেপ্ট. দুরিদগী পাউ অসি হেক ফংবগা এপ্রিলগী তাং ২৫ গী অয়ুক্তা কেপ্ট এফ-এম রুনদল ৪শুবা গুরখা রেজিমেণ্টপু লাজিং পুরেল হাপ্তুনা মণিপুরী লাম্মীশিং অদুগী মাইরোক্তা লানন্দানবা য়াথং পিখি। কেপ্ট বুনদলনা মথাগী লাম্মীশিং অসি লোয়নখি। নং ২ মাউনটেন, বেত্তারী ; ২-৪শুবা গুর্খা রেজিমেন্টকী সিফাই ২০০, অসিনি। শাপম খুলাজিল রোবা মতমদা লমীগী নোংচুপথংবা নাকলদা মণিপুরীশিংগী লানবন অদু উরম্মী। ১২শুবা (বরমা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রি লেট, এফ, ডবলিউ, এইচ, কোম্বপু মণিপুরীশিংগী লানবনগী থা নোংচুপ লোমদা চংশিন্নবা বুনদলনা য়াথং পীখি। অদুগা রোয়েল অরটিল্লারী গী লেটপরসে গা তোপ অনিগা সিফাই ৫০ গা লোয়ননা বুনদলনা মণিপুরীগী লানবনগী নোংপোক্তা গজ ১, ০০০ রোম লাপ্পা লৈবা চীং অমদা এপ্রিল তাং ১৫ গী অঙনবা অয়ুক্তা কাখৎলে। বুনদলগী নোংমে খিল্লবা অদুগী য়েংলোমদা হায়রদি অরাং ওইরপনা গজ ৬০০ রোম চৎলগা থেবা চীংগী মথক্তা (৭) মণিপুরী কাংবু থরা লৈবা উরম্মী। মতোংশিং অদুবু বুনদলনা তোপ্পা কাপথায়খি অদুদগী চীংখোংদগী ফুট ৪০০ রাংবা চীংদোন্দা তোপ অদু অমুক পুথংখি অদুগা গজ ১. ০০০ রোম লাপপদা রর্মা লমীগী নো চুপ্পা খোংজোমদা লৈরিবা লানবন অদুদা তোপ কাপশিনখি। তোপ কয়ামরুম কাপ্পবা মতুংদা মায়কৈ অহুমদগী বৃটিশকী লাম্মীনা মণিপুরগী লানবনদা চংশন্লে, খুংকা খুংকা মান্নরে। মমৈথদা মণিপুরী লাম্মী-শিংনা মথাগী লানবনগী অরাং নোংপোকথংবা মায়কৈদা ফাওদোক্তুনা চেনখোকখিরম্মী। মায়থিদুনা চেন্নবা মণিপুরী লাম্মীশিংবু বৃটিশকী সিফাইশিংনা গজ ১০০-২০০ ফাওবা অরাং নোংপোক মায়কৈরোমদা তান্নখি। এপ্রিল তাং ২৫ গী অকনবা মণিপুরী অমসুং বৃটিশ অনিনা খো জোমদা লোক্নখিবা লানফমদা মণিপুরগী লানবনগী মনুংদগী অশিবা মণিপুরী লাম্মী ৭৬ ফংই লানবনগী মপালদনা অশিবা লাম্মী ৫২ ফংই। হায়রিবসি লানবনগী অকোয়বা নলা মনুংদা তাদুনা লৈরিবা অশিবশিং অদুদি মশিং থাখিদে। অদুগা তোপনা পান্দুনা শিখিবসু মশিং থিখিদে শগোল তোংবা লাম্মীনা হাৎখিবা মণিপুরগী লাম্মীশিং অদুসু মশিং থাখিদে। অদুমকপু বৃটিশকী শগোল তোংবা লাম্মীনা পীবা পাওদাদ মণিপুরী ৫০ ফাওবদ হাৎখি হায়না ইরম্মী। খুঙ্গংগী মীওইশিংনা কেপ্ট. বুনদলদা হায়রিখিবদি নুমিৎ অদুদা মণিপুরী ৪০০ লানফম অদুদা শিখি হায়খি। অদুগা মণিপুরীশিংগী লানবন মনুংদা অশোকপা অমা ফংখি। অদুগা বৃটিশকী মায় শগনা অমা তান অশোকপা ১৩ নি। (৮) মেদিকেল রিপোর্ট ১৮৯১ :– লাল অদুদা অশোক অপন থোকখিবা অমসু, অসি অনা য়াওখিবগী মেদিকেল রিপোর্ট। তুমু তেজোলগা লোয়নবা কপা মেদিকেল ওফিসারগী রিপোর্টনা খোংজেমগী অরোয়বা লাল অসি এপ্রিল তাং ২৫ দা লোকখি হায়বসি তশেং তশেনা তাক্লি। রিপোর্ট অসিনা হায়রি এপ্রিলগী তাং ২৫ গী অয়ুক্তা কেপ্ট দুরি অমসুং কেপ্ট কারনেগীগী লুচিং মথাদা ২ ৪ শুবগী লাম্মী ৫০, ১২ শুবা বরমা ইনফেন্ট্রিগী লেট কোম্বকী লুচিং মথাদা ১২শুবা বরমা ইনফেন্ট্রিগী মাউনটেন ইনফেন্ট্রিবু মণিপুরী লাম্মীশিংগী মায়কৈদা লাঙানবদগী দমক্তা থাদি। কেপ্ট দুরিগী কাংবুনা মনিপুরগী

লাম্মীশিংবু নমথনবা পলেলদগী অনৌবা সিপাই খেজোল থাঞ্জিল্লকুবা হায়জরকথি। অদুগা লোয়ননা মনিপুরী লাম্মী তেঞ্জোলদা লাম্মানবগী য়াথংসু পীবিরকুবা হায়জরকথি। মতম অমিদদি জেনরেল গ্রাহম অদু পলেলদা থুংলদুনা লৈরে। কেপ্ট দ্রুর না হায়জরকপা মতুংইন্না জেনরেল গ্রাহমনা ২-৪শুবা গুৰখাগী লাম্মী ১৫০ অদুগা নং ২-মাউনটেন বেত্তারগী তোপ অমি থাজিনবিবগা লোয়ননা মনিপুরী তেঞ্জোলদা লান্দানবগী য়াথং পিথি। মতৌ অসুম তৌনা মনিপুরী তেঞ্জোলদা বৃটিশকী লাঞ্চীনা লান্দাখি।

মেদিকেল রিপোর্ট অসিগিমতুং ইমা মণিপুরীগী তেঞ্জোলদা মনিপুরী লাম্মী ২০০ নি মদুগী মনুংদা ১৯২ হাংখিরম্মী অদুগা ৮ থক্তি চেনখ্রে হায়না ইরি। (৯)

---

Foot Note :—

1 Govinor General 's order No 340 Simla 10th Ap.il 1891

2 Ibid Gazette of India page 5, 1891-92 Military Department poceedings 18-1-92 page 257, Manipur

3 Malitary proceedings Manipur, 1891-92 Page 257

4 Column of the pioneer, চৈথারোল কুম্বাবা লামায় ৪৮৯

5 Military proceedings 1891 92, page 263

6 Military proceedings 1891-92 page 257, Manipur Expedition 1891-92, page 5 34 32

7 Military proceedings page 257 to 268

8. Capt Rundell 2-4th Gurkha Regimnt কী ১৮৯১ গী এপ্রিল তাং ২৫ দা পলেলদগী অন্না-দা লাল শোক্নরিবা বৃটিশ লাম্মীশিংগী কমান্দরনি।

Military proceedings page 263, Brigadier General Gahams letter No 181-M/dt Manipur 29th April 1891

9, Military proceedings, Manipur Decemder 1891, No. 800 page 218 to 235 Report of the Medical History of Jammu Column Manipur field force dated 29th June, 1891 By B N Mukherjee (Surgeon Major) princ pal Medical officer Manipur field force

BIBLIOGRAPHY


1 My Three Years in Manipur-Mrs. Ethel Grimwood

2 Cheitharol Kumbaba English Translation India Offics Library

3 Manipuri War 1891- S N Mitra

4. History of Frontier Bodering Assam Reid,

5 A Short His'ory of Manipur-R K Jhalajit Singh

6 Correspondence relating to Manipur-1891 (London) Vol I, page 78

7, Queen Express versus Niranjan Subadar- Miya Singh Major

8, Queen Empress versus Nilamani Sugni Aya puren Mojor

9. Sovenir, published by Govt, of Manipur on the occasion of Shri V. V. Giri, President of India visit to Manipur in 1972 Columns of pioneer, Allahabad 1891

10. History of Third Burmese War period 6 (VI)

11 Gazette of India part one 1891

12, Manipur Expedition 1891

13. Back Bone 15th August 1982

14. Military proceeding Manipur 1891

15. Manipuri Ithas-1946-
R K Snahal Singh, B Com

---

# শাম্লক্লবা মমি

লাইতোঞ্জম নীলমণি সিংহ

নবুক অসি কনাগীনো খঙদবনি,
মুম মচা মচাশিংসিনা কৱিগীনো—উৰ্থিদ্র।
নিংশিঙ্কই মীকপ নমনুংশি অসিগী
নোংম লোম য়েঙ্‌বদা নুঙাইত পোকহন
নুংশিংকী মমাং ময়ল জগোয় শাখিবা।
লমনোগী প্‌কচেল তম্না মীরক্তা
অহৈে থম্লবা অলোনবা শকলোশুসু
পীনা থ্‌মহন্নমে মীংশু কোমফু
চয়েরুময়ে ঈ- থাংদ্র হকচাং কয়াং,
মীন তাব লমগী মবুক তম্ল লমদমদশু
থম্মোইগী থয়াই মমি শাম্লক্লবা ..?—কম্নিংই।
খম্ল ঐসে লাক্ল লানখিদবনিকো
মীনবা মাগী মরাল ওইজসনু।
খুদক্তা লাউরকপা তায়কই কদোমদগীনো
নংগী লৈকম অসিদা নত্তে লাপ্পা চংখ্রো।
থাংব শুমদ ফমথে
সক্ল্যাগী অমমনা লক ওম্ল কৌশিল্লকই
চিরোম্লকই— নীংহনগনু অথাং কম্ল লোইনননি,
মদুগী অৰ্থদি ঐ ভাব তাব তম্রকখিদে।
চিংনরকই— মফমসি মীতৈগী লম নংখিদ্রবা ?
ঐদি মীতৈ মচানি, মীতৈ মরাক্ল থংলখিবনি
মজাতিগী মীনুংশি উৎশিরক্তনরা খন্দুনা।

# তোলবা মৈতৈগি কবিও

মৈরাংথেম তাম্বা দেবী
খগরপুর

তোলবা মৈতৈগী কবি ও
ভারতকী উমাংদা শাংপাগুম
মীনা উবিদ্রবা কবি ও
পান্নারোয়ব্রা মৈতৈগী কবি ও
মনিপুরগী চিংদা শাংলি হায়দুনা
মীনা থানখিদ্রবা কবি ও
সমাজপু চাউখৎনবা হোৎনরোম্নদ্রা
তোলবা মৈতৈগী কবি ও
শাংলি মীগি কবিদি
ভারতককী লৈকোনুংদা ফুগায়না
মৈতৈগী তোলবা কবিদি
ভারতকী কাচিন্দা শাংলি
হায়না মীনা উবিত্রবৈ নিংলি
মৈতৈনা মীগি কবিদি
অতিয়দা থাজ থকপাগুম
মৈতৈনা থাগৎলি মীগি কবিদা

মৈতৈগী কবিদা থাগৎশিদে কনাসু
লায়রবা ইরোনবু লেমবিররেদো ?
তোলবা মৈতৈগী মচিন্দা
তোলবা মৈতৈগী কবি ও

# হৌজিক্কী মতমদা ইমালোল মীতৈলোনগী ফিভম

সোরোকখাইবম মানিকচান্দ—

হৌজিক্কী মতমদা ইমালোন মীতৈলোন নত্রগা মনিপুরী লোন অসি মরু ওইনা শাগুনশক্লিরবদি এশিয়া মহাদেশকী মনুংচমা লৈরিবা ভারত বর্মাদেশ অমদি বাংলাদেশতনি। ভারতকী মনুংদা অমুক মরু ওইনা মনিপুর, আসাম অমদি ত্রিপুরারাজ্যদনি। হায়রিবা রাজ্যশিং অসিগী রাংমদসু অলিকপা মশিং মীতৈ কয়া যুমদাকৈদ্যাদুনা লৈ। খুদম ওইনা নোংচুপবঙ্গগী নদিয়াজিল্লাদা, উত্তরপ্রদেশকী মথুরাজিল্লাদা অসিনচিংবা বাংলাদেশতা ঢাকা, সিলেট, অমদি ভানুগাছনচিংবা মফমদা অদুগা বর্মাদেশতা মণ্ডলে, রেঙ্গুন অদুদি আর্কাভনচিংবা মফমদা চহি চা অমগী মমাংদগী মীতৈশিংনা লৈতাখুন্দাদুনা লৈরি। মালেমদা হৌজিক্কী মতমদা মীতৈলোনবু মমারোল ওইনা শাগুনরিবা মীশিং অসি লাখ ১৫ (ভরামগা) রোমনি। হায়রিবা লাখ ১৫ রোম অসি মতম অমদা ইতিহাসগী খোঙথাং অমদালায়া চংবিরলনা ওসি ফাউবদা অচোইবা লিক্লাংগুমা চোইজাইননা লৈরি। মনিপুর রাজ্যদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীতৈগী মশিং অমি চাওরাক্লা বর্মাদেশতা লাখ অহুম, বাংলাদেশতা লিশিং কুলমগা, আসামদা লাখ অমা মথায়, ত্রিপুরাদা লিশিং কুনথারোমনি।

লোনগী মিৎয়েংদা মীতৈলোন অসি টিবেটোবর্মন ফুরুপকী মনুংচগা লোন অমনি। অসিগুম্বা মখলগীলোন অসি হৌজিক্কী মতমদা ভারতা মরু ওইনা ভারতকী অরা-নোংপোক লমদা হেক্লা শাগুনশক্লগা উবা ফই। মীতৈলোনগী চাওখৎলোনথাংপা মরি লৈননা পনবা য়াই মদুদি মীতৈলোন অসি ভারতকী মনুংদা লৈরিবা টিবেটোবর্মন লোনশিংগী মনুংদা খ্যারদগী হেন্না চাওখৎপা লোন অমনি। হৌজিক্কী মতমদা ভারতকী চাওখৎলবা লোনশিংগসু লেংগাননা চাওখৎলবা লোন অমনি। লোন অসিনা চহিচা কয়াগী মমাংদগী মশাগী পুয়া-পুদিন অমদি ময়েক শাগোম্‌দুনা লাকপা লোন অমা ওইবনা লোন অসিনা মশাগী অসেংবা ফমফম অমা লৌবা ঙমলিবনি।

হৌজিক্কী মতমগী ইমালোন মীতৈলোনগী চাওখৎফিভম লৈনবগী মতাংদা অহানবদা মহৈমশিংলমদা মীতৈলোন অসি কয়ামুক্কী মতিক খুমাং চাওশিল্লবগে হায়বা য়াহং লাকই। য়াফমসি লৈনবদা থাজক মকালায়বগী মিৎয়েংদাদি ২০ শুবা চহিচাগী হৌগৎলকপগী মতমদগী লৈনবগী তঙাইফদবা লৈ। নিংশিংইবায়া ইং ১৮৯১ গী মনিপুর বৃটিশ লানগী মতুংদা মনিপুরদা লোংচুপকী মহৈমশিংগী মমি ভাখি। ২০শুবা চহিচাগী হৌগৎলকপা মতমদা আমেরিকান বেপ্টিষ্ট মিশনগী Rev william pittigrew না মনিপুরদা অঙাংশিংগী দমক্তা স্কুল খরা লিঙখৎলম্মী। অহানবদা মতমদুগী চুনবা মীতৈলোনগী টেক্সটবুক লৈখিদবা মরমনা বাংলোম্বা তম্মরম্মী অদুবু চহি খরগী মতুংদা প্রাইমারী থাক্তা ইমালোন মীতৈলোনা লাইরিক তম্বগী খুদোংচাবা পীবা হৌরম্মী। নিংশিংবা য়াই এম, ই অমসুং হাইস্কুল থাক্তদি মতিকচাবা টেক্সটবুক লৈখিদবা মরমনা চহি কয়ামদি বাংলা অমদি ইংরেজী লোন্না লোত্তাক ওইনা (মেডিয়াম ওইনা) তম্মরম্মী। ইং ১৯২৫দা মনিপুরগী মহৈমশিংলমদা অচৌবা অওনবা অমা লাকখি। হায়রিবা চহি অসিদা ক্লাস VII অমসুং

viii দা ভারনেকুলার সবজেক্ট ওইনা মীতৈলোন ওখা হৌখি। চহি খরগী মতুংদা ইং ১৯৩০দা কলিকতা ইউনিভার্সিটি মথাদা মীতৈলোন মেট্রিকতা সবজেক্ট অমা ওইনা হাংবগী থুদোংচাবা ফংখি মতংদা অমুক ইং ১৯৪৯দা বি, এদা ভারনেকুলার সবজেক্ট ওইনা হা বগী থুদোংচাবা লৌবা ঙমখি। ২০ শুবা চহিচাগী অহাম্বা ভাগকম্বা মীতৈলোনগী লমহান থোদা পাম্ন-খংখিবা মীওইশিংগী মনুংদা থোইদোক্না পনবা য়াই-হাওদৈজাবা চৈতন্য, খাম্নরাকম চাওবা, নবদ্বীপ, দরেন্দ্র, হিজম আঙাংহল, ইরাবত অমসুং লমিত অসিনচিংবনি।

২০ শুবা চহিচাগী অনিশুবা ত'খায়দগী মীতৈ-লোনগী চাওখংখোঙজং অসি য়াম্না য়াংনা চংশিনবগী খুদাম ফ.ই। হৌজিক্কী মতমদা মীতৈলোন অসি post Graduate থাক্তা ফাউবা ওখগী থুদোংচাবা ফংবতা নত্তনা অরাংবা থাক্কী রিসার্চ তৌবগী (Ph.D. ফাউবা) থুদোংচাবা ফংলে। নি.শিংবা য়াই ই ১৯৭২ দা জে, এন ইউনিভর্সিটি সেণ্ডর ইম্ফালদা মীতৈলোন হাংখিবগা লোয়ননা মীতৈলোন অসি মনিপুর অমসুং মনিপুর মপানগী মহৈমশিংগমদা পাকচাওনা শন্দোকপগী থুদোংচাবা ফংখি। মীতৈলোনগী চাওলংলমদাংদা মপান মনিপুরদা লৈবা অইবা কয়াগীসু চাওববা থুদোল লৈ। ২০ শুবা চহিচাগী অহাম্বা ভাংকম্বা ইয়ালোন মীতৈলোন্দা অখম্ববা লাইরিক কয়া ইদুনা মীতৈখুনাইদা লৈদুন অগীরবাদি নাওরিয়া ফুলোনি। ইবুঙো মহারী খোজেদগী থোকপা

রাহে মরু ওইনা লাইনীংপথাকপা মরি লৈনখবেসু মচল কয়ামদি খুনাইগা মরি লৈনবা রাফমদা মুমফম ওইখি। অশিবা অসিগী খোজৈদগী থোকপা মমল নাইরবা পাওতাক কয়ানা লমলানসেবা মীতৈ খুনাইগী লমজীং মৈরা ওইখি। মনিপুরগী রাংমদা লৈবা অইবা কয়ানা হৌজিক্কী মতমদসু ইয়ালোন মীতৈলোনগী চাওখংখোদাং দা চাওনা শরুক য়ারি।

মীতৈলোননা চাওলংকপগী মতুং ইমা লোনগা মরি লৈনবা ওখোরিটি কয়ানা শক খঙদবা ঙমখিদে। নি.শিংবা য়াই ইং ১৯৭১দা সাহিত্য একাডেমী, নিউ-দিল্লীনা মীতৈলোন অসিবু শক খঙখি। সাহিত্য একাডেমী শক খঙখিবগা লোয়ননা হৌজিক্কী মতমদা মীতৈ-লোনগা মরি লৈনবা থুদোংচাবা কয়াসু ফংখি। ইং ১৯৭৩ দগী ই. ১৯৮৫ গী মনুংদা মীতৈ অইবা মীওই ৯ ( মাপল ) না সাহিত্য একাডেমী মনা ফংখি। রাফম অসি লৈনবদা থুদোং চানবগী দমক্তা মনা ফংখিবা, মখোয়না ইখিবা লাইরিক মমিং অমদি লাইরিক্কী মখল অসিনচি'বা মথাদা পীজরি—

| মশিং ইংকুম | অইবগীমিং | লাইরিকমমিং | লাইরিকমখল |
|---|---|---|---|
| ১ ১৯৭৩ | পাচা মীতৈ | ইম্ফাল অমসু মাগী ঈশিং নুংশিংকী ফিরুম | উপন্যাস |
| ২ ১৯৭৪ | এন্ কুঞ্জমোহন | ইলিসা অমগী মচাও | রাগীমচা |
| ● ১৯৭৬ | এল সমরেন্দ্র | মমাংলৈপাইথরাপশাংলে | শৈরেং |
| ৪ ১৯৭৭ | এ, মিনকেতন | অশৈবগী নিতাইপদ | শৈরেং |
| ৫ ১৯৭৮ | জি, সি তোং বা | জবোংখাও | ড্রামা |
| ৬ ১৯৭৮ | এম,কে বিনোদিনী | বড়সাহেব ওংবী সনাতোম্বী | উপন্যাস |
| ৭ ১৯৮১ | ই,রজনীকান্ত | কালেনথাগী লৈপাকলৈ | উপন্যা |
| ৮ ১৯৮২ | ই, দিনমনি | পিগুল অমকুম্বালৈঅমা | রাগীমচা |
| ৯ ১৯৮৩ | এন, ইবোবী | কর্ণাগীঅমা অমসুং — কর্ণাগীঅরোয়বা য়াহিপ | ড্রামা |

মীতৈলোন অসি চাওখংলবা লোন অমা ওইরবা হায়বা রাফম লৈনবা মতমদা লোনগী মরমদা অথক-অহে ওইবা অদুগুম্বা ঙোলায়াশ না মীতৈলোনগী মায়দা কাঁর ফোংদোকখিরম্বী হায়বা থাহং অমসু লাকতবা নত্তে। রাফম অসিগী মতাংদা লোনগী মরমদা থোইদোক্না-



শরং কি

MANIPUR
INVITES YOU

# MANIPUR - LITTLE PARADISE ON EARTH



Blessed with a salubrious climate, famous for its distinctive cultural pattern, ways of life of the valley and the tribal people, colourful dances and festivals all the year round, its world famous land lily on Shiroi Hills, the rare brow-antlered deer at Keibul Lamjao, its ever-green scenic beauty dots EXTENDS the tourist a cordial invitation to visit this land of Jewels

*DIRECTORATE OF TOURISM*
*GOVT OF MANIPUR.*



With
Best
Compliments
From



# "BLUE DIAMOND"

***Dealer of — All ranges of honda generators and honda water pumping sets***



***Stockists of :—***

**WILTECH INDIA LTD**
*( Savges, Williman-II, Wiltessa and Wiltedge )*

**MULLER AND PHIPPS (INDIA) LTD**
*( Sterliq Water Purifier, Cuticure )*

**PRADHAN PERFUMERS**
*(Scent Bathi, Aawaz, Rajdhani),*

**PAONA BAZAR**
**IMPHAL. 795001**

খঙ্'হখ্রেবা অদুগা সাহিত্য একাডেমী, নিউদিল্লীগীসু প্রেসিডেন্ট ওইরিঙ্বা ডাঃ সুনীতিকুমার চট্টার্জী ফাউবনসু মীতৈলোন অসি চাওখৎলবা লোন অমা ওইনা শিংথা-নরম্মী। মতম অমদা ডাঃ চট্টার্জী মশামক্না হিজম অঙাংহ-লগী খুন্থৈদা থম্লখিবা চেনা লিাস অদুমগী মথক্তা পানবা থবা-থোইবী শৈরেং লাইরিক অদু উবদা য়াম্না ভক্না থোকখি। অসিগুম্বা মহাকাব্যগী মশক ওইবা পয়ার ছন্দদা। ইবা লাইরিক অদু ভারত সংবিধানগী ৮শুবা সিড্যুলদা চল্লবা লোন কয়াগী মনুংদা ফাউবা লৈবদা য়ানা থোকপা লাইরিক অমনি। ডাঃ চট্টার্জীনা শাস্ত্র অসি কুকি-চিন ফুরুপকী মনুংচন্না জাতীশ গী মনুংদা খুঙ্গদগী চাওখ পা জাতি অমনি হায়দুনা নহাক্নী ইং ১৯৫১ দা ফোংখিবা—Kirata Jana Krti কৌবা লাইরিক লমায় ৭ দা অশুম্না ইখ—

'Meitheis or Manipuris are the most advanced section of the Kuki-chin people,

ফুকপ অমগীলোন অমসুং ফুরুপ অদুনা শাগোম্লিবা কলা অমসুং সংস্কৃতিগসু নক্লবা মরি লেবনা মী ওলোন লেনবগী মতা দা মীতৈগী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী য়াফমসু খজিক নৈনবগী ওন্তাইফদবসু নৈ। নিংশিংবা য়াদ মীতৈজগোই (Manipuri Dance) ভারতকী অথম্বা জগোইশিংগী মনুংদা অমনি। সিনেমা জগত্তসু ভারত্তা নত্তনা মালেমদা ফমফম অমা লৌবা ঙমলি।

য়াফমসি ইং ১৯৮২ দা পুথোকখিবা ইমাগী নিংথেমনা প্রমান ওইরি। ইং ১৯৭২দা মনিপুরনা ইহান হায়া সিনেমা জগত্তা কুমথুবনসু শুম্না চাহ ওয়ামাখোইগী মনুংদা মশাগী অথোইবা ফমফম অমা লৌবা ঙমখি।

ঙসিগী ভারতকী শুরবা রাজনীতি থৌশিল অমগী মিংয়েং মথাদা লৈখিবনা ভারত সংবিধানগী চাওখৎলবা, মনিপুরগী লোয়শঙ লোন ওইরবা, সাহিত্য একাডেমী নিউদিল্লীনা শকখঙলবা, ভারতকী ইউনিভার্সিটি কয়ানসু শকখঙলবা, হাইস্কুললিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষাদা মনিপুরদা ইং ১৯৭৭দগী) অমসুং আসামদা (ইং ১৯৭১দগী) মেডিয়াম ওইনা পরীক্ষা থাবগী খুদোংচাবা ফংলবা, মশাগী ময়েক শাগোমরবা, কলা অমসুং সংস্কৃতিলমদসু চাওখ লবা অসি মীতৈলোনা অসি ভারত সংবিধানগী ৮ শুবা সিড্যুলদা চনবিদদুনা থম্মবা অসিনা মীতৈলোনগী ঙমখে শাকচাওনা শক্লোকপা ঙমদ্রি। ভারত সরকারনা ঙসি ফাউবদা মীতৈলোনবু সংবিধানগী ৮ শুবা সিড্যুলদা চনবিদবা হায়বা অসিমখক্ত ভশেংনা মশাগী মথৌদাং মশানা খঙজদে হায়বগী প্রমাননি। রাজনীতিগী শুরবা থৌশিলবু মমু থুদেকপা ভারবাদ চংই মীযামগী অপুম্বা শক্তি অমসুং অশেংবা য়াখল। মালেমগী মীতৈগী অপম্বা শক্তিনা মী তগী অগ্রাবা কোকনি অমসু ইমালোন মীতৈলোনগী ভাংবল অমা মালেমদা চৌংলেম্না থবা ঙমগনি।

## PANCHAYAT RAJ

*If we would see our dream of panchayat raj, i e, True democracy realised, we would regard the humblest and lowest Indian as being equally the ruler of Indian with the tallest in the land. This presupposs that all are pure, or will be come pure, if they are not And purity must go hand-in-hand with wisdom*

MAHATMA GANDHI

# জর্জ আব্রাহাম গ্রীয়ারসনী
## 'বিষ্ণুপুরীয়া মনিপুরী'

ডক্টর জর্জ আব্রাহাম গ্রীয়ারসননা হায়রম্মী—

'The state of Manipur is a very polyglot tracot of ccun'ry The principal language is meithei or Manipuri but a number of other Tibeto Burman dialects are also spoken A tribe known as Mayang speaks a mongrel form of Assamese known by the same name. The number of speakers is estimated at about 1000. Except for their language the Mayangs are indistinguishable from the general Manipuri population All of them can spek Meithei, They are also Known ay Bishnupuriya Manipur s or Kalisa Manipuris, and are said to be comparatively numerers amon the Manipuri population of Cachar and sylhet, where their special dialect is still spoken in their homes, as well as Meithei and Bengali Probably ¾ of (22,500) the supposed speakers of Meitheis in sylhet really speak Mayang.' ( vide- G A. grierson : Linguistic survey of India, vol V Indo-Arvan Family, Eastern. group, part I, specimenents of Bengali and Assamese language supplement of Mayang 1903 page 419 )

মসিদা ওয়েং শুবা বাক্য অসিদা ময়াং নত্রগা কালিশাবু গ্রীয়ারসননা 'বিষ্ণুপুরীয়া মনিপুরী' নত্রগা 'কালিসা মনিপুরী' হায়নসু খঙনৈ হায়রি। মহাক্না মসিগী স্টেইমেন্ট অসিগী মথক্তা তোংদুনা হন্দক কালি প্রসাদ সিনহা অমসুং অতৈ অতৈ বিষ্ণুপুরীয়া মচা খরনা 'গ্রীয়ারসনগী বিষ্ণুপ্রিয়াবু "বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী" হায়রম্মী, বিষ্ণুপ্রিয়াবু 'বিষ্ণুপ্রিয়া মনিপুরী হায়গদবনি অমসুং মিংথোনগদবনি হায়দুনা কন্না দাবী তৌবা থেংনৈ। হায়বদি মখোয়গী মোত্তা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংসু মনিপুরীনি—মনিপুরীগী শাখা অমনি হায়নি। মখোয়গী অসিগুম্বা শ্লোগন অসিদগী লৈবাক্কী কনা কনাগুম্বা লুচিংবা অমসুং সরকারীগী অফিসার ফাওবা চাওথোকচনবা থেংনাই। মতাং অসিদা মসিগী থাক্কম পুম্নক পুথোক্না

হুইরেম মদন মোহন সিংহ

লৈনবগী খুদোং লৌজরোই। চুপা গ্রীয়ারসননা 'বিষ্ণুপুরীয়া' হায়বা টার্ম অসিদা 'মনিপুরী' হায়বা টার্ম নত্রগা য়াহৈ অসিবু করম্না অর্থ অমসুং concept (কোনসেপ্ট) তা ইরম্মিখনো অমসুং মদু কয়া য়াম্না চুপ্না নত্রগা চুমদে মদুতগী খাংলদুনা লৈনজগনি। অসেংনমক মতাং অসিদা গ্রীয়ারসননা বিষ্ণুপুরীয়া য়াহৈদা 'মনিপুরী' য়াহৈ অপাইশল্লদম্বসি খঙদবগী লাকখনি হায়বসি শেংনা প্রমাণ তৌবা য়াই, মদু—

১। 'মনিপুরী' হায়বা টার্ম নত্রগা ৱাহৈ অসি মৈতৈতবু, হায়বদি মনিপুরগী ruling race নত্রগা dominant মীওই কাঙলুপতসু খঙহনবগী অর্থ অমসুং কোনসেপটতা (Concept) পোকখিবনি নত্রগা ব্যুৎপত্তি ওইখিবনি হায়বা ৱাফম অসিদা ইতিহাসকী চিংনবিনিঙাই লৈতবা প্রমান শিংগী মতঙ্গা তোংদুনা পথাপকী মতুং ইন্না নৈনবা পণ্ডিতশিংগী অমত্তা ওইবা মোৎতনি। গ্রীয়ারসন মহাকসু মতঙ্গা পাল্লবা অসিদা অমসুং মহাক্কী অতৈ অতৈ অইবাশিংদসু হায়রিবা অর্থ অমসুং কোনসেপ্ট অসিদা ইরম্মী। অসিতা নত্তুনা মহাক্না মফম কয়াইদসু 'মৈতৈ' হায়বা টার্ম নত্রগা বাহৈগী তুং নত্রগা মাঙদা 'মনিপুরী' ৱাহৈ ঙপ্তুনা ইরমদে। মৈতৈবু "মৈথৈ নত্রগা মনিপুরী' 'Meithei or Manipuri', অদুগা কয়ি কয়িগুম্বদা চুম্না মনিপুরী' কয়ি কয়িগম্বদনা 'মৈথৈ—অসুপা শেংনা ইরম্মী, অমসুং 'মনিপুরী' হায়বা ৱাহৈ নত্রগা টার্ম অসিবু মফম পুম্নমক্তা মৈতৈতবু খঙহনবা অথ অমসুং কোনসেপটতা শীঁজিন্নরম্মী, 'মৈতৈ' অমসুং মনিপুরী হায়বা টা নত্রগা ৱাহৈ অনি অসিবু অমনা অমগী প্রতিশব্দ নত্রগা synonymous term ওইনা, অমত্তগী মিং নত্রগা টার্ম অনি শুবা ওইনা আনঋক অথ অমসুং কোনসেপ্ট অমত্তদা শীঁজিন্নরাম্ম। মসিগী ৱাফম অসিদা কনাগীসু তর্ক চত্তনিঙাই লৈতে।

১। গ্রীয়ারসন মহাক্না মনিপুরীগী এরীদা ইবা মতমদা বিষ্ণুপুরীয়াশিংগী প্রসঙ্গ প্পাশন্দুনা ইডৱার্ড গেইটনা খৃষ্টকুম ১৮৯১ দা ইখিবা ৎ। থাঙৎতুনা মখোয়বু 'কালাচেয়া' নত্রগা 'বিষ্ণুপুরী' 'Kalacheya' or Bishnupuri' হায়না মিংথোক্তুনা মখোয়বু মনিপুরী নত্তবা পূমতোপ তোপ্পা জাং অমনি হায়না ইরবু চিংনবা লৈতনা লৌশিন্নম্মী।

(-Vide linguistic survey of India, vol. III, part III, 1904, page 20)

৩। গ্রীয়ারসন মহাগী ৱারেং মদু খৃষ্টকুম ১৯০১গী সেন্সাস রিপোর্টতা থাঙৎখিবা মদুদা বিষ্ণুপুরীয়াবু 'Mayang or Bishnupurio' 'ময়াং নত্রগা বিষ্ণুপুরীয়া' হায়বদগী হেন্না ইরমদে— মদুদসু মখোয়বু মনিপুরী নত্তবা পূমতোপ তোপ্পা জাং অমা ওইনা ইরম্মী। (Vide-The languege of India, contributed by G A Grierson to the Report on the Census of India, 1901, together with census statistis of language page 78)। মসিনা বিষ্ণুপুরীয়াগী মরীদা ইবা মহাক মহাগী ইহান হানবা ৱারেংনি।

৪। খৃষ্টকুম ১৮৯১ দা সার উইলিয়াম হান্টার সাহেবনা মহাক্কী' The Indian empire' কৌবা লাইরিক কোঙখি। মদু মথংদা অমুক থরা চুমথোক্না 'The Imperial Gazetteer of India: The Indian Empire মিংথোন্দুনা ভোলুম মরি থোক্না খৃষ্টকুম ১৯০৭ তগী ১৯০৯ গী মনুংদা কোঙখি। বৃটিশকী মসিগী। গেজেটিয়ার অসিদা লোনগী হীরমদা গ্রীয়ারসননা ইখি। মসিদাদ গ্রীয়ারসননা বিষ্ণুপুরীয়াবু ময়াং হায়বদগী হেন্না অতৈ ইখদ্রে। মসিনা বিষ্ণুপুরীয়াগী মরমদা ইবগী অলোইবনি। মসিদসু বিষ্ণুপুরীয়াবু 'ময়াং' হায়না কৌদুনা মনিপুরী নত্তবা পূমতোপ তোপ্পা জাং নত্রগা লোন অমা ওইনা শেংনা ইরম্মী (vide Imperial Gazetter of India The Indian Empire, vol, I, I9o7, page 378) মসিগী গেজেটিয়ার অসিদসু মৈতৈতবু খঙহনবা অর্থ অমসুং কোনসেপ্ট অসিদা মনুপুরী 'নত্রগা মৈতৈ

হায়বা টার্ম নগণা রাহৈ অসিসু শীজিন্নৈ। অসিভা নওনা মসিগী গেজেটিয়ার অসি মখংদা অমুক লেমদোঙ্না The Gazetter of India Indian union' মিংথোদুনা ভোসুম কয়া থোক্না ভারত সরকারনা ফোঙদোক। মসিগী অহানবা ভোসুম খৃষ্টকুম ১৯৬৫ দা ফোঙবা হৌখি। ভারত সরকারগী মসিগী গেজেটিয়ার অসিদসু মমাংদৈগী মথং মথং চৎখরকপগী মতুং ইন্না অদুম কাইদনা মৈতৈলোন্দু খঙহনবগী অর্থ অমসুং কোনসেপটতা 'মনিপুরী' হায়বা টার্ম নগণা রাহৈ অসি শীজিন্নরী।

৫। বিষ্ণুপুরীয়া জাতিনা ইতিহাসকী মায়াকদা হেক ফাওগৎলকপা নুমিৎতগী হৌনা গ্রীয়ারসনগী মমাংদা কনা অমতনা মখোয়বু 'মনিপুরী হায়না কৌনা খঙনরমদে। খৃষ্টকুমচা ওয়া নিপান শুবদা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগী ওফিসারশিংনা মখোয়বু 'বাঙালী' হায়না খঙনরম্মী ( Discuss-Francis Hamiton An Account of Assam, Compiled in 1307 14 A D) মতম অদুদা মৈতৈনা মখোয়বু মমাং খারাচা, পাঙন অমুম্না কৌন- খঙনরম্মী ( Discuss নিংথৌরোল লমবুবা, খাগেম্বা ল্যাংজৈ কাপ্নিদা লোন লোংলাইমৈ পুয়া অসিনচিংবা )। খৃষ্ট কুমচা ওয়া মাপন শুবদা মনিপুরীশিংতা নওনা ইউরোপকী লেখকশিংনা মখোয়বু মমাং' হায়না কৌদুনা মখোয়বু মনিপুরী নত্তবা পুমতোপ তোপ্পা জাৎ অমা ওইনা লৌনা মখোয়গী মরীদা ইরম্মী ( Discuss Mc Cullock: An Account of the Valley of Munnipore and of Hill Tribes, 1859, E T. Dalton: Descriptive Ethnology of Bengal, 1872 R Brown: Statistical Account of Manipur, 1874, E W Dun Gazetteer of Manipur, 1886, Abrdiga Gazetteer of Manipur corrected upto 31st March, 1891) মখোয় অমসু 'মনিপুরী' অমসুং মৈতৈ' হায়বা টার্ম নগণা রাহৈ অনি অসিমু মথক্তা হায়খিবা মৈতৈলোন্দু খঙহনবা অর্থ অমসুং কোনসেপট অসিদা অদুম কন্নমক্তা কাইদনা শীজিন্নরম্মী।

৬। ময়াংবু 'বিষ্ণুপুরীয়া মনিপুরী' নগো 'কালিসা মনিপুরী হায়নসু খঙনৈ হায়না পনখিবা গ্রীয়ারসনগী স্টেটমেন্ট অসিগী অহানবা অমসুং অনশুবা বাক্য অসিদা পাঠক-পাঠিকা ইবুংঙো ইমা শিংনা মসি লৌনা উবীবি মদু মসিদা মেইতেই 'মৈতৈ' নগণা মনিপুরী 'Meithei or 'Manipuri হায়বদগী হেন্না ইরমদে। মসিদা মৈতৈ' অমসুং 'মনিপুরী' হায়বা টার্ম নগণা রাহৈ অনি অসিগী মরক্তা 'নগণা' রাহৈনা খন্দুনা অনিমকপু অথ অমসু কোনসেপট অমত্তগী ওইনা, অমনা অমগী প্রতিশব্দ ওইনা— Synonymous term ওইনা 'Both the names referred to one and the same language' ওইনা লৌনা হায়রি। অনিমক অসি অমনা অমবু খঙহনবগী অর্থ অমসুং কোন-সেপটতা ইরি। গ্রীয়ারসননা মৈতৈগী হীরমদা মতম অতে অতৈদা ইরবা পুরমক্তসু অদুম প্রসুম্না কাইদনা ইরম্মী। মথক্তা পাম্নবা মহাক্কী স্টেটমেন্ট মতেক অসিদা 'মনিপুরী' হায়বা টার্ম নগণা রাহৈ অসি মৈতৈলোন্দু খঙহনবা অথ অমসুং কোনসেপটতা লৌরগা অবেং শুবা বাক্য অসিদা খঙদবদগী বিষ্ণুপুরীয়াবু মৈতৈগী মনু' চনবা ওইনা লৌরগা 'বিষ্ণুপুরীয়া' হৌহৈদা পাইরক্তা 'মনিপুরী রাহৈ নর্পানিরক্কনি। মরম অসিনা বিষ্ণুপুরীয়াশিংসি মৈতৈ নত্তবনা অমসু মখোয় মশানসু মৈতৈনি হায়বা

পায়জনবনা মখোয় 'মনিপুরী' ওইবা খুপরা য়াদে অমসুং মফম অসিদা গ্রীয়ারসননা মখোয়গী মৈহৌরোল অমসুং মতম মুৎ খঙথিনবদগী লাল্লবনি।

৭। মনিপুরী' হায়বা টার্ম নত্তগা য়াহৈ অসি মৈতৈবু খঙহনবা অর্থ অমসুং কোনসেপ্টতা পোকখিবনি অমসুং মসি হেক পোকপদগী হৌনা গ্রীয়ারসনগী মমাং, মতম অমসুং মতুংদসু অদুম মৈতৈবু খঙহনবা অর্থ কোনসেপ্টতা খঙনন-শীজিনদুনা লাকই। তোইথুমসুং বিষ্ণুপ্রিয়াশিংবু দ কনা অমত্তনা মণিপুরীনি হায়বীরক্তে। মসিগী য়াফম অসি কালি প্রসাদ সিংহাগী অইবদসু মনিন ফংলোকই, মহাক্না হায় — Among the meiteis these people (i, e, Bishnupriyas) were once known Mayang and consequently their language was also called Mayang Major mc Cullok padmanath Vidyabinode, Dr. Suniti kumar Chatterji and many others have used this term (vide The Bishnupriya Manipuri language, 1981, page 3)। চায়রিবসি মখোয়বু মনিপুরী হায়না কৌবগী। নত্তে মনিপুরী নবো পূমতোপ তোঙ্গা য়াং নত্ত॥ লোন মদু 'ময়াং হায়না কৌবগা য়াফম তানি বিষ্ণুপ্রিয়া হায়দা মনিপুরী' য়াহৈ তপাশিল্লবগী যাসু নত্তে।

৮। বিষ্ণুপ্রিয়াশিংবু ঙসিসু কনা অমত্তনা অমসুং মখোয় মশানসু মৈতৈনি হায়বগী প্রমাণ ফংদে। মফম অদুনা মৈতৈবু খঙহনবা অর্থ অমসুং কোনসেপ্টকী টার্ম নত্তগা য়াহৈ 'মনিপুরী' হায়বা অসিবু মখোয়গী মিংথোল্লা নপাশিনগা হায়বসি লৌথোকনিঙাই করিমত্তা লৈত্তনা লাক্লি। তোঙানবা য়াং অমসুং লোন অমগী ওইবা মিং পংথৈ তানা খঙনবগীদমক অসুম চয়েংনবা থোনবসি মফম চংনদে অমসুং চংনফমসু থোক্তে। করিনা, অসিগুম্বা চয়েংনবা মিংথোন অসি খবাই পূমক্না য়ায়েং লৈতনা য়ানবা নীতি অমসুং পথাপকী য়েক্লবনি।

৯। ডক্টর জর্জ আব্রাহাম গ্রীয়ারসননা 'বিষ্ণুপুরীয়া' য়াহৈদা 'মনিপুরী' য়াহৈ তপ শিন্দুনা মতেক অসিদা ইরম্লিবসি খঙদবদগী নত্তগা কনাগুম্বা অমগী থৌইনশিন্দগী মৈতৈগী কাংবু অমা ওইনা লানা ইশিল্লবনি। অদু ওইরগসু 'মণিপুরী' হায়বা টার্ম নত্তগা য়াহৈ অসি মতৈবু খঙহনবা অর্থ অমসুং কোনসেপটতা লেংনা ইরম্মী হায়বা য়াফম অসিদা কনাগীসু তর্ক য়াংনিঙাই করিমত্তা লৈতে অমসুং ইডওর্ড গেইটনা 'কাসাচেরা নত্তগা বিষ্ণুপুরী'-শিংসি তশেংবা মনিপরী (true Manipuri) নত্তে হায়বা অসিসু লেংনা য়াশিল্লম্মী অসিনচিংবনসু গ্রীযারসনা 'বিষ্ণুপুরীয়া' য়াহৈদা 'মনিপুরী' য়াহৈ তপশিন্দুনা বিষ্ণুপুরীয়াবু 'বিষ্ণুপুরীয়া মনিপুরী' নত্তগা 'কালিসা মনিপুরী' হায়নসু খঙনৈ হায়না বাক্য অমত্তা ইরম্লিবসি পূম্নাল লাক্লি হায়বসি মশাগী অইবশিংনসু তবু ৎবুনা প্রমান তৌই। নত্তবাদ মৈতৈগী শা ইরকপা মতমদা 'মৈতৈ' হায়বা য়াহৈদা মনিপুরী॥ হায়বা য়াহৈ তপাশিন্দুনা ইরম্বগী প্রমান ফংদবনি। মসিমাক্ত গ্রীযারসনগী অহোবাশিংদগী প্রমাণ ফংবা ঙমদে। গ্রীয়ারসনন মফম পূমঙ্গা 'মনিপুরী' টার্ম নত্তগা য়াহৈ অসিবু মৈতৈবু খঙহনবা অর্থ অমসুং কোনসেপটতা ইরম্মী। মথন্তা পাল্লবা মতেক অসিদা মহাক্না 'বিষ্ণুপুরীয়া মনিপুরী' নত্তগা 'কালিসা মনিপুরী হায়নসু খঙনৈ হায়না বাক্য অমত্তা ইরম্লিবসি 'বিষ্ণুপুরীয়া মৈতৈ' নত্রগা 'কালিসা মৈতৈ' হায়বগা অমত্তনি। মসি মহাক্না

নিংখিনা খুনহোৎলবগী বিষ্ণুপ্রীয়াশিংবু মৈতৈগী কাংবু অমা ওইনা লৌনা ইরম্মি। মরম অদুনা 'বিষ্ণুপ্রিয়া' নত্রগা কালিসা রাহেগী তুং নত্রগা মাংলা মনিপুরী' রাহে তপাশিন্দুনা মখোয়বু মিংথোনবা চুমদে। মসিগী মরীদা গ্রীয়ারসননা থাদৈশিংনা লানখী।

মনিপুরী হায়বা টার্ম নত্রগা রাহে অসি করম্না অমসুং করবা অর্থ অমসুং কোনসেপটতা পোকখি, অমসুং মসি পোকপদগী হৌনা গ্রীয়ারসনগী মমাং, মতম, অমসুং মতুংদা করম্না অমসুং করবা অর্থ অমসুং কোনসেপটতা খণ্ডন-শীজিন্নদুনা লাকই মদুগী ইতিহাস করিমতা খণ্ডনা বিষ্ণুপ্রীয়া নত্রগা কালিসা রাহেদা 'মনিপুরী রা'হ তপাশিন্দুনা মখোয়বু মনিপুরীগী সেকসন অমা ওইনা লৌবা হায়বসি অমসুং 'বিষ্ণুপ্রিয়া' রাহেদা মনিপুরী হায়বা টার্ম তপাশিন্দুনা মিংথোনবা হায়বসি চুম্না ইতিহাসপু মীনথতা নত্তনা মনিপুরী জাতিবু থোওইদবা অমসুং চয়েৎনহনবা মরমনি।

# পেনাগী হৌরকফম

পেনা, মৈতৈ জাতিসিগী লৈজবা য়াম্না লিরবা খোংননবা খুল্লাই ( যন্ত্র ) অমনি। জাতি অসিগী হরাউ ওয়াম, লাই ঈকোৌবা, লাই থেমগংপা, য়াকৈবা, তেংথানবা মপুগী মতিক মগুণ শৈথাবা, নিংথৌগী থবক থৌরম কয়াদা অমদি জাতি অসিগী নাংকী ওইবা থৌরম থৌদোক কয়াদা শিজিন্নরিবা মরু ওইবা খুল্লাইনি। অনবনবা, অয়েবা, অথীনবা অমসুং অকাঙ্বা মখোল থোকপা খুল্লাইশিংগী মরক্তা জাতি-সিংগী মরু ওইনা থোদাং য়াবকপদি পেনাগ। মাসেবু পেনা কৌখিবগী য়াফম অসি পেনা লাইরিক কৌবনা মথাগী অসুম্না তাকলি :—

শ্রী ওইনাম ভোগেশ্বর

"নুপী নিপা থনিমানা নুংসি নুংরোননা অহুপা মফমতা লোংনা হাইনারে। খোয়নৌ কৌপাতি পান্থোইপীনে। পেমমাতি সনা-নহনে। পেমমানা নাউয়োম-ৱোইবা খোয়রীনে। চককাংবা খুমখাং-পাতি সনা মহীনে। তাংকপীতি পানথোইপীনে।

য়াগম অমসুং হায়কে। খোংজারেননে, য়াবা কৌপাতি থাকী ফিসেংনে। মপান সাহনপানে তোকপাতি ফমপীনে। সাপীতি মহী মহাউনে। সাপীনা খোংজায়েনকী য়িমপী পায়না পাউনৌপাতি য়িমপী কৌপাতি মীরনে। পাউনৌ কৌপাতি চান্নাপানে। পোইরৈতোন কৌপাতি অতাংনে। চাকচিরিপা খুৎথোংপা তকুপ তঙাইয়াং হায়পাতি নাউফমনে। তাংকিরিপাতি খোয়রীনে। তাপোং তায়াং সাপা চংনিং হেনপা মোইকেংপা মরী লীসাপা মরাং লাংসাপা য়োন ভোরিপা সাকারিপা হায়পাতি য়িমুয়িনৈ খৈপিকপু হায়পানে। হিংনা চাপা মরম চাম্বা মুননা চাপা মরম চাম্বা হায়প্যাতি খোয়রীনে। নাউফমতি থানে। খোয়রীতি নুমিৎনে। হায়থরিপা অসি পুমনামাকা পেনাকী মসক ফাওনা হায়কে। নুমিৎনা মরুনে। থা কৌপা লাইনা মমায় ওইরে। থাকী মনুংতাকী হৈপোং পামপী অতুম্বা পেনাকী ভেংখল য়োইএ। মখুল অখুপা অতুনা পুংকোয়কী মনুংতা ফাওরতুনা অয়ামপা হায়থরিপা অতুকী বুং হাযপা খোনথোকনা সিংলি মৈলোমপা য়োইরপাকা পুংকোয় মনুং অতুন য়ুয়েক য়োইখিএ। মৈলোম-পাকী মতোল অতুনা তাইপংপানকী পেললিপা, মখুল অতুনা নুংতাং য়োইতুনা য়ুয়েক য়োইপাসিং-নিতা হুকলো অসাইক্তেকী হায়খিপা য়ুয়েক অতুনা খোয়রী গোইনা পেনাকী চৌচিং অমরক থোইরে। মরী লীসাপা মরাং লাংযাপা পুমনামাকা পেনাকী মরীক ওইরে। চকচিরিপা তাংকিরিপা অনিনাকী-তুনা থান তকুনরকপা মপাল খোক্কা তাইপংপাননা পেনদে হায়পগী পেনা কৌএ। অমপু মপান খোকনা খোংপনে। তাইপং পানপাকী পোকনা মাংনকতপাকী অসীপানা হাননা খোংএ।।"

অসিগুম্বা মৈতৈ জাতগী ওইনা লৈজরিবা অখোংবা যন্ত্র পেনা হায়বসি হৌজিক্কী চাহি ২০০০ গী মমাঙদগী হৌনা শিজিন্নরকলবা লিরবা খুল্লাই অমনি হায়বসিমদি ঐখোয়গী "নুমিৎ কাপ্পা" হায়বা

থাজনৈ। মরম অসিনা পেনা অমগুং চৌজিং অনি অসি মখক্তসু পনজগবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী লক্তমদগী লোবা মওংনি হায়বাস মথাগী য়াহে থরাসিনসু তাকই।

কাসা নো থৌ ভাইপং পানপা মপু
নোংথৌ সাইরোং মরুকুনপা
অতুমপা মপাল মরা থিখত্তাপা
মচু লৈপাইথোপিকপু তিন্নচিনুনা লৈপা
অতুমপা অফুনপা লাই লৈপা থেপিকনা
হুং হায়না কন্‌চাউরকলে
রৈং হায়না মপুক নিঙশিংলকলে
ভাইপং পানপা সেমকে নিঙলে
অকোয়পা থপী য়িনকী মমক থোকলে।

লৈখক লৈখরোল লাঃ ৪

অসুমনা তেংবানবগী মপুনা তেংবানবা অসিবু শেম-খিবগী মওং মতৌ লৌদুনা থরায় অপিক অচৌ পোকশকপা শেমলকপগী মওং মতৌ অদু লাইশংনা পেনাগী শক্তম অসিনা মপাল থোকমা ভংলবগী শফম্নি হায়বসি লাইরোলশং অদুনা ময়েক শে হল্লি। অসিগুম্বা তেংবানবা অসি শেমগৎলকপদা ইবুংঙো মাগী হকচাং তংবাহ অমনা ইমা লৈমরেল ওইহনবীরে। ইমা লৈমরেলগী শক্তমবু "অতুমপা মপাল মরম্না থিখত্ত-তাপা মচু লৈপা থোপিকপু তিন্নচিন্না লৈপা।" হায়না লেখাবা মরা পেনা মশা অসিমক ইমা মাগী শক্তম ওইরে। মসিদা পোংলম মখল ৯ লৈ:—

১। মরু ২। তেংখল ৩। পুংমায
৪। শমৈ ৫। চুপ্পী ৬। উতো
৭। উয়েক ৮। লৈনা ৯। মরেক

মমীং ৯ অসিনা পেনা মশা ওইরে। মসিনা ইমা লৈমরেল শিদবীগী শক্তম ওইনা লৌবনা পেনা শকপা অশৈবশিংনা পেনা থাদা পমনা ইমা মাবু খুরুমনৈ। মতৌ অসুম্না পেনাগী মলাদা পোংলম মমিং ৯ লৈবগুম্ব চৌজিংদসু মমীং ৯ লৈ। মসিন্না তেংবানবা মপুগী শক্তম ওইবা মরম্না পেনা শকপা অশৈবা ওজাশিংনা য়েথলোমদা থমদুনা য়েং ওই কায়হন্দনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী মফমদা থুরুমনরি। অসিগুম্বা তেংবানবগী মপুগী শক্তম ওইরিবা চৌজিং মশা অসিদসু মমীং ৯ লৈ। মমীংশিং অদু মথাদা পীজরি:—

১। নারেং খোংজি ২। য়োংকোন
৩। শদীক ৪। শরীক ফাবা লং ৫। শমৈ
৬। শমৈ কোম্বাং ৭। মোন ৮। খুদুম
৯। চৌজীং শায়াঙ অসিনি।

অসুম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীনা পুন্না তেংবানবা অসিবু শেমখিবগী মওং অসিদগী জগত অসি শেমলকপনি মখোযগী মতৌ অমলগা তেংবানবা অসি ওইরিবনি হায়বা খঙহল্লি। পেনা ওইরিবা মশা অসিগী মথক্তা য়াওরিবা তেঙথল অসিমক লাইরেম্বীগী চীংমৈশাং কোই হাযরি। চীংমৈশাং হায়বসি লাইরেম্বীগী ভিল্লিখোংবুনি উয়েকনা য়াংবীগী শক্তম থাকম অসিবু থাঙবী অরম্বা কেংবা লাইনিরুা মথাগী অসুম্না পান্নি। অসিগুম্বা চীংমৈশাংগী মচা লোঙল-বলিবা অসিনু:—

লৈমরেনগী ফোনলাংদগী পাংং অম্না চিংথোকলে।
পাংং অমনা থংচিংলে। পান অননা কোংবুনে।
অনিনা থোং অমা শেমলে থোং অমদি নুংশিংনে।
খংচিংনা খুতুম ওইরে কৌবরুনা নমথাং ওইরে
অপানবগা মায়য়োক্লরে।

'য়াঙবী অসুম্না'

অসুম্না পদ্ধশা মরম্না পেনা মশা অনি লৈমরেনগী হকচাংগী শরুক ওইরে হায়বা তাকই। মতৌ অসুমনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীগী শক্তম লৌরিবা পেনা অসি অহানবদা থংচিং লাইমরুনা খুং খোংলবগী

